# কান্নবা ৱারী খরা

( অনিশুবা শরুক )

রঘুমণি

# কান্বা রারী খরা

( অনিশুবা শরুক্ )



রঘুর্মাণ

কোংববী—
এল: দেবরাণী দেবী
ব্রহ্মপুর, নহাবম।

অহানবা খুৎনম ১৯৮৮ ইং
কোপী মশীং ১০০০

মমল রুপা ১৫/-




মন্ক্রম—
দেবলা প্রেস,
পাওনা বজার, ইম্ফাল।

ফংফম—
দেবলা বুক স্টোর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক মচা অসিদা য়াউরিবা ৱারীশিং অসি পঞ্চতন্ত্রদগী তাংবা ঙাক্তনি। মসি নৌহৌননা ইথোকচক্লবগী মরু ওইবা পান্দমদি অসিনি মহুদি, পাঙ্ডাক্লা থম্লবা [ৱারীশিং অসিদগী পিক্লিবা] অঙাংশিংদা খরদং ওইরবনু কান্নবা কংহনবা ঙমগদ্রা খঙ্ক্লবদগীনি। মরম অসিনা লাইরিক মচা অসিদগী অঙাংশিংদা থজিক্তং কান্নবা পীথা ঙম্লবদি হোৎনজক্লবগী মতৈং য়াম্লে থঙগনি।

লাইরিক মচা অসিবু ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্ট (এস) মণিপুর সরকারদা চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, কুন্দা ৱারীদা অহানবা মনা পীবিরকপগীদমক তৌবিমল থগবা উৎচরি।

—অইবা

# সূচীপত্র


| হীরম | লামায় |
|---|---|
| ১। মরুপ শান্নবা | ১ |
| ২। হৌদোংগী বিচার | ১৩ |
| ৩। কা হেন্না পাম্বগী মহৈ | ১৮ |
| ৪। কন্ত-লৌশিংগী নমথাক | ২৩ |
| ৫। অপঙবা পণ্ডিত | ৩০ |
| ৬। মরুপ মরি | ৩৬ |
| ৭। অঙকপা মঙংগী অতিথি সেবা | ৪৫ |
| ৮। অপঙবগা মচ্চ তৌবগী মহৈ | ৫০ |

# কান্নবা য়ারী খরা

(অনিশুবা শরুক)

মরুপ শান্নবা

থাইনা মমাংদুদা অবন্তী কৌবা লৈবাক অমগী কোন্নং অবন্তীপুরগী ওমখৈদগী ত্রিপর্ণী লমহাং অস্তুম শঙ্গোকখিদুনা বিন্ধ চীংখোঙ থম থেংনা লৈ। মৈহৌরোলদগী লৈরক্লবা লিয়বা খোংনাং পাম্বী অমা লমহাং অদুগী মখাইদা হৌরি। লৈবাক কয়াদগী ক্কাক পাইরক্লগা উ অদুদা মহুম শারে।

মতৌ অসুম্না ক্কাকশিং অদু মফম অদুদা লৈরকপা মতম য়াম্না শাংলক্লে। সুমিং খুদিংগী অয়ুক্তা মখোয় পুম্নমক মচিঙ্গাক থিবা কোইনা চংলি, অদুগা সন্ধ্যাদা মচাশিংগী মচিঙ্গাক পুদুনা হল্লকই। অসুম্না মখোয় মতম লেল্লি।

নোংমা করম ভৌই খণ্ডরা,—ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা কদায়দগীনো মুপা অমা উঙাও অহুদগী লাপ্তক্লা লাকই। মহাক অসি শাদানবনি।

মহাক্লা মকম অহুদা চেং খরা চাইখোক্লরে। মহুগী মথক্তা উচেক-লাং অমা শন্দোক্তুনা থম্লে। অহুগা মহাক খোংনাং অহুগী মকমদা লোৎতুনা লৈক্লে।

মতম অসিদা কাকশিংগী লুচিংবা লখুপতম খোংনাং অহুগী মশা অমদা ভোংলি। শাদানবা মুপা অহুনা তৌরিবা পুম্নমক অহু মহাক উই। অহুনা মহাক্লা মুপা অসি শাদানবনি হায়বা খঙলে।

লখুপতম্না কাক পুম্নমকপু লাং থাক্লিবা মাইকৈ অদোমদা কনাম্নু চখোক্তনবা চেকশিনহনক্লে। মখোয়গী লুচিংবনা হায়বা মতুং ইন্না কাক অমত্তা মাইকৈ অদোমদা মনাই ওনখিদ্রে। অরাপ্পদা মচিঙ্গাক থিবা মখোয় ঙম্লা পাইনক্লে। অহুবু লখুপতমদি মকমহুদা অহুম লেংদনা লৈহুনা লাং থাক্লিবা অহু ম্লেংলি।

ভাইহাক লৈরগা থুনু সঙ্কু অমা কদোমদগীনো পাইরক্লে, অহুগা লাং অহুগী মপাদা অতিয়াদা কোইরৈ লৈহুনা পাইররে। অহুগী তুংদা মখোয়না মচিঙ্গাক থুনগদবগী মথাদা পাইখবদা লাংদা থুংক্লে।

উচেক ময়াম লাংদা থুবা উবদা, শাদানবা অহু মপুক্লিং হৱাওনা উ মরুমদগী থোরক্লে। মহাকপু উবনক্কদা খুন্নু লুচিংবনা লাউরকই, "নখোয় নখরায় হিংনিংলবদি তুশিন্না লৈয়ু। য়েংউ, আদা শাদানবা লাক্লে।"

মখোয়না লুচিংবগী ৱাথং মতুং ইন্না খুন্নু পুন্নমক তুশিন্না লৈখ্রে। মতম অহুদা লুচিংবা অহুনা হায়রকই, "ঐখোয় ময়াম চপ মান্নবা অমুক্তদা লাংগা কোন্নবা পাইহুৰা চংগ্রসি।"

খুন্নু লুচিংবগী ৱা মতুং ইন্না খুন্নু পুন্নমক অমুক্তদা হৌহুনা লাংগা কোন্নবা পায়খংখ্রে। শাদানবা মুপা অহু তোকম খঙদনা মখোয়না পাইখিবহু য়েংহুনা লৈ। লাংদা থুরবা খুন্নুশিংহু পাইখিবদা নত্তনা মাগী লাং অহুম্নু মাংজরে।

উশাদা তোংহুনা লঘুপত্তন্না পুন্নমক অহু য়েংলি।

খুন্নু ময়াম্না লাং পুহুনা পাইখিবা অহুগী মতুং লঘুপত্তন্না ইন্নখ্রে।

খুন্নুশিংহু কনা শাংনা পাইরগা লৈপুং অমগী মথক্তা পাইথখ্রে। লৈমায় হেক য়ৌবগা খুন্নু লুচিংবনা হায়রকই, "মঙ্গল হিরণ্যক য়ুমদা লৈতব্রা? ঐখোয়গী থবায় অমুক্তা কনবিরো লাও।"

উথাদা মথুল মচা অমা লৈ। খুন্নুনা কৌবা তাহুনা মহুগী মন্নুংদগী উচি অমা থোরক্লে। মহাক্না খুন্নু লুচিংবগী মনাক্তা

চংশিল্লক্লগা মখোয়না লাংদা থুবগী মরম হংলকই। খুমু লুচিংবনা থোদোক পুম্নমক ভুমে।

মতম অদুদা হিরণ্যক কৌবা উচি অদুনা হায়রকই, "মদু পুম্নমক অদু নিয়তীগী থৌরাংনি, মহাক্কী থৌরাংতনা অক-কত্ত', অরা-সুংতাই পুম্নমক ওইরিবনি। নিয়তীবু থিংবা ভর্বগী পাঙ্গল কনাগীসু লৈতে।"

খুমু লুচিংবনা হায়রকই, "মদুসু চুম্মী, অদুবু ঐখোয়সু চেকশিনমন্দে।"



মতুক হাইরদুম্না হিরণ্যক্কা হায়রকই, "চেকশিন্দবা নত্তে, নিয়তীগী মায়াদা লৌশিং মাংখিবনি। ঈশ্বরগী অবতার রামচন্দ্রনা সনাগী শক্তি লৈবা হৌনদে হায়বা খনবা কাওবা

ঙমথিদে। অদুগা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা ওইবিবা কিবক্ অমু নিংশিংউ। নিরতী মাগী খোৱাংতনা লোশিং 'পুথা মাংখিহুনা পাতাবু হকুবদগী মাবল লাইগে তুম্না মাংখি। অদুগা যুধিষ্ঠিরনা পাশা-খেলা শান্নকুবদগী পুন্নমক মাংখিহুনা অরাবা কয়া মংখি। অহুনা হোত্রবগীদমক মুংনাংলুবগী কবি কান্নগনি! লাং চিকথংহুনা অমমম ওইনা মরাম পুন্নমকপু থাদোক্লগে।"

অসি হায়রগা হিৰণ্যক্কা খুন্থ লুচিংবগী মনাক্তা চংশিনহুনা মহাকপু হায়া থাদোক্কদবগী ভোৎরে।

অহবু খুম্থ লুচিংবনা থায়হুনা হায়রকই, "নত্তে মরুপ, ঐদি মরাম অসিগী ডাক-শেনবনি, ঐবু থাদোক্লিঙৈদা মখোয়বুনা হায়া থাদোপিয়ু। ঐবুদি কোয়া থাদোকপিয়ু।"

উচি অহুনা মোককেং ভৌহুনা হায়রকই, "ঐস্থু মহু থঙই মরুপ। ঐনা নহাকপু চাং য়েংবনি।"

অসি হায়রগা হিৰণ্যক্কা লাং অহু চিকথংহুনা খুম্থ পুন্নমকপু থাদোকপিরে।

অহুগী মতুংদা ভাইহাক রাঙ্গী-রাভাই শানরগা খুম্থশিংহু হিৰণ্যক্কী মকমদগী বিদায় লৌরগা পাইখ্রে।

উপাদা ভোংহুনা লম্থুগতমা পুন্নমক অসি য়েংলি। হিৰণ্যক্কী ব্যবহার অদুগা রাঙাং-শাঙাং অহুদা মহাক ভকখ্রে অমম্থং মপুক্লিংদা মহাকপু হিৰণ্যকা মরুপ শায়গে লেপখ্রে। রাখল

অদুনা লমজিংদুনা মহাক হিৱণ্যকী মথুল অদুগী ময়াদা পাইথরক্লে।

হিৱণ্যক্তি খুনুশিং পাইখিবগা মথুলদা চংখ্রে।

লঘুপতন্না কৌরকই, "মরূপ হিৱণ্যক, মপান্দা অমুক্তা থোকপিরকউ।"

খুনুশিংদু অমুক লাক্লমাংলে খন্দুনা হিৱণ্যক মথুলদগী থোরক্লে। অদুবু মমাংদা যমমক্তা মান্নৱবা কাকপু উবদা কীদুনা মহাক তফিং তফিং মথুলদা চেনশিন্দুনা লোংখ্রে।

মতম অদুদা লঘুপতন্না হায়রকই, "চেল্লিবা করিগীনো মরূপ? নহাকী কনবা লমচৎ-শাজৎ অমদি ৱাঙাং-শাঙাংদা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে, অদুনা ঐ মহাক্লা মরূপ শাম্নগে লাক্লিবনি। করিমত্তা চিংনবা নৈতনা মপালদা থোরকউ।"

নৈনুংদগী হিৱণ্যক্লা খুম্লকই, "লাপ্লা নহাকপু ঊকাই-খুম্নবা উচ্চরি। চিঙ্গাকা চারিবা মহাক অদুগা মরূপ শান্নে হায়বা কদায়দগু তাখিদ্রি। মরম অদুনা নহাক চংখিবা য়ারে, ঐ থোরক্লরোই।"

লঘুপতন্না মথবায় নুংঙাইতনা হায়রকই, "নহাকী ৱাসি তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রে মরূপ। কাকা উচিগা য়েংথিনৈ হায়দুনা করিগুম্বদগু মরূপ শাম্নবা য়ারোইদ্রা?"

হিৱণ্যক্লা হায়রকই, "শুপন্না য়ারোই, মরমদি য়েক্লবগা মরূপ শান্নবদি করিগুম্বদগু অফবা ফল কংলোই। অদুগীগু মথক্তা

ফজ্ঞবশিংনা মরুপ শাশিন্নরুনা অতোপ্পগী ৱাংননবা তৌই। পুরাণদা অসুম্না হায়রি, দেবরাজ ইন্দ্রনা ৱাশকখিরুনস্থ বৃত্রাসুরবু হাংখি। অদুগা লিনগা খৈরোইগা, মৈগা ঈশিংগা, হুইগা হৌদোংগা, ঈনাকখুনবগা লাইরবগা, অপঙবগা পণ্ডিতকা, অফবগা ফজবগা শাগেগী য়েক্লবনি।"

অদুবু লঘুপতন্না মহাক্কী নিংবা কাঙবা তৌদনা হায়রকই, "মহ্ ওইরমগনি, অদুবু অপঙবশিংদনা অমগা অমগা য়েংথিনরিবনি, পণ্ডিতশিং অদুম্না য়েংখিনদে। নঙগুম্বা জ্ঞান লৈবা থম্মোয় শেংবা মীশক্কুবু কনানা য়েংখিগদগে ?"

কাক্লা হায়রিবসি মতাং তৌরিত্রা হায়বা হিরণ্যক্লা অশেংবা খঙনিংলক্লে। অদুম্বা হিরণ্যক্লা হায়রকই, "য়েংউ ভাই লঘুপতন, নহাক্লা হায়রিবহ্ অচুম্বস্থ ওইরম্বা য়াই। অদুবু ৱা অমা লৈ। পোকপদগী য়েংথিনরক্লবা মীশক্তা মরুপ ওইবদি খুদোংথীব্লিং-ঙাইনি। অদুগা কনাগুম্বা জ্ঞানীবা মাবু অথোইবা পণ্ডিতনি হায়রুনা কনানস্থ মাগী মাংননবা তৌরোই খল্লবদি মহ্ মাগী শাথীবা মরাল ওইগনি। মরমদি, হায়নবা লৈ মহ্দি, ব্যাকরণ লেংবদা মিংচংকী লেংদবা উরোং থিল্লম্বা পাণিনি নোংশাগী মথয়াক্তা মথবায় মাংবা ভাখি। মীমাংসা দর্শন লেংলম্বা জৈমিনি শামুগী মথোঙনা নেংখায়রুনা মথবায় মাংখি। অদুগা ছন্দশাস্ত্র লেংলম্বা পিঙ্গলকপু গুস্তীরনা কাহুমা পুথি।"

মতম অসিদা পেহো পেহো তৌনা লঘুপতন্না হায়রকই, "মরুপ, নহাক্তি অথোইবা পণ্ডিতনি। নহাক্না য়েংনবা এগী

ইত্তিক নত্তে। ঐগী অচম্না রাদি অসিনি, করিগুম্না নহাক্না ঐবু মরুপ ওইনা লৌত্রবদি ঐ মফম অসিদগী লেংলরোই। চাদ-থক্তনা কমত্থুনা ঐ মফমসিদা থরায় থারগনি।"

হিরণ্যক মপুক্কিং ওনখ্রে। লৈখুলদগী মঙক লিংথে রক্লগা মহাক্না হায়রকই "নত্তে মরুপ লবুপতন, অত্থুম্না তৌগনু। ঐ নহাক্না হায়বা য়ারে। সুমিৎ খুদিংগী ঐংথ্যুয় অনি উন্নত্থুনা রারী শাসি, অত্থুবু ঐগী নাক নকশিন্নদি থক চংলক্লনু। করি খনবগে মরুপ ?"

মহাক্না হায়রিবসি য়াবা নত্তনা লঘুপতন্না অত্তোপ্পা উপায় উবা ফংদ্রে। অত্থুনা মহাক্না হরাওনা হায়রকই, "মথুস্থু কৈ মরুপ, নহাক্না হায়রিবত্থু ঐ য়ারে।"

মত্থুদগী লবুপতনগা হিরণ্যকা মরুপ ওইখ্রে।

অশুম্না মতম কয়া হৌখ্রে।

হৌজিক্তি হিরণ্যকা চিংনবত্থু কোকখ্রে। অত্থুনা মখোয় অনি অরা-নুংঙাইদা থামজবা য়াম্না চান্নবা মরুপ ওইখ্রে।

মরম অসিনা অঙাংশা, ডাত অমস্থুং খর্মা খেন্নবগী রাখল থাদোক্তুনা নখোয় মশেল পোকহিন্নবা নচিল-ননাওগুম চান্ন-চিন্ননা তৌন্নগদবনি।

---

# হৌদোংগী বিচার

মতম অমদা নর্মদা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা হৌবা খোংনাং অমদা কাক মতৈ-মনাও মছুম শাহ্না লৈরম্মী। ছেন্দ্রাং মতৈ-মনাও অমসু উ অহ্গী উক্রোং অমদা মছুম শাহ্না লৈ। মখোয় অসি য়াম্না চাদ্রে, লোন্দিদ্রে।

নোংমা সুমিং চুপ্পা চিঞ্জাক থিবা কোইনা চংলুরগা কাক সুমিং তারমদায়দা মছুমদা হল্লকই। ছেন্দ্রাং মতৈ-মনাও অহ্সু তুংথ-মাংথানা অছুম য়োরকই। নোংমদি খেব অমনা ছেন্দ্রাংগী মছুম অহ্ দখল তৌহ্নাদ্রেলরম্রে। মহ্ উবদা ছেন্দ্রাংনা হায়রকই, খেব ভাই, নহাক মকম অসিদা শোয়হ্না চংলকপা ওইরবগনি নিংই, মসি ঐগী ইশুম্মি হায়বা নহাক খঙলিরোই।”

খেব অহ্না মঙোন্দা খানা য়েংলদুনা হায়রকই, “মসিবু নঙগী নশুম্মি হায়বগী প্রমাণ করি লৈবগে? 'সিদা নঙগী মমিং থাবরা?”

ছেন্দ্রাংনা হায়রকই, “লৈকমদবু মিং থাবা চংনব্রা? ঐ মকমসিদা মতম কুইনা লৈরকই হায়বগী প্রমাণদি ঐগী মরুপ

কাক অ সিনি, মঙোন্দা হংলবদি ঐনা হায়রিবসি অচুগনি হান্নবা খঙবা ঙমগনি।"

মতম অসিদা কাক্না হায়রকই, "ঐগী মরুপ ছেম্রাংনা হায়রিবসি তশেংনা চুন্নবা বাকদ্রি। মতম কুইরে মহাক্না মকম অসিদা লৈরক্লিবসি। মহাক্না অংরেম্বদা খংনবা হৌবনা কামরোই।"

মরো থাংবা মীনোক্না নোক্লুনা খেবনা হায়রকই, "ছরানবগী সাক্ষী ছরানবনা ওইবদি মশামা তাবনি। ঐ অমুক্তগী মকম অসিদা লৈরক্লিবনি। মরম অহুনা মসি ঐগী লৈকম ওইরবনি। মঙ অতোপ্পা মকম অমদা চংথো।"

ছেম্রাংনা কাক্না হায়রকই, "তারেদনা মরুপ, মাগী বাসে? সংসারদগী অচুম্বা হায়বহ্ মাংগ্রবা? মহাক্না বা ফাওবা মনাদা হাপ্তে। কনাগুম্বা পুকচেল শেংবা থাজবা মাবা অমনা করিগুম্বা বিচার তৌরগা মসি মাগী লৈকম্নি হায়রবদি অমুক য়েংলুবা লৈতনা ঐ মহু মাগনি।

খেবনা মাগী বা তাবগা হায়রকই, "অহুদি কনাবুনো বিচার তৌহল্লুসি।"

মতম অহুদা মখোয় অনি বায়েনবা থিবা থোরক্লে।

মখোয়না উমংদা অম্বুম চংপদা উখোং অমদা ফম্লহুনা কনানো অমা মালা চংত্তুনা লৈরম্বা লাপ্পা উরে। মাবু হেক

উনমক্তদা থেবনা হায়রকই, "আদা নৈরিবা সাধু অসিবু ঐখোয়গী বিচার তৌঃল্লসি।

সাধু অহুগী মনাক তম্না মখোয় অনি লাক্লে। খর চৎলগা উরে, সাধু অহু লম-হৌদোংনি। নামাবল্লী ইল্লি, মরাইবক্তা চন্দন থিল্লি, মমিৎ উইশিন্দুনা মালা চৎলি। মহু উবমক্তদা থেবনা ফত্তবা ৱাখল অমা খল্লকই, করিগুম্বা উপায় অমা তৌদুনা ছেন্রাং অসি লম-হৌদোংগী মখুং চলহন্নবা হোৎনরগে। মহাক ফনা মপুকচেল ফবা সাধুসু ওইরসনু মচিঞ্জাক কংলবদা লেম্না থক থাদোক্লোই।



অম্বয়া খন্দুনা থেবনা ছেন্রাংদা হায়রকই, "ত ৱিত্রা ছেন্রাং, নঙদি ঐগী ইথক্তা ৱাকৎলুগদোরিবনি। মরম অহুনা নঙনা হাগ্না চক্লগা হায়নিংবা পুম্নমক হান্না হায়রক্রো। ঐদি নঙগী মত

মতুং ইম্না মরাল লৈবা মীশক্তি, ঐগী ৱা ঐনা কোম্নু হায়বনা চুম্লোইব্রা ?”

ছেন্দ্রাংনন্থু মঙ্গমক পাম্লিবনি, অদুবু লম চৌদোংনি হায়দুনা খোং থানদি চংনিংদে। অদুম এইনমক চংত্তবদি য়াদে। ঙ'ইহাক খঙ্গানরগা মহাক লম-চৌদোংগী মনাক্তা খরা নকশিন্না চংশিনখ্রে, অদুগা হায়রকই, “সাধু বাবা, চানবিদুনা ঐখোয়গী ৱা তাবিগদ্রা ?”

মমিৎ পাংখোক্লগা লম-চৌদোংনা অমুক্তং য়েংলকই, অদুগা অমুক মমিৎ উইশিন্দুনা মালা চংতুনা লৈখ্রে। ছেন্দ্রাংনা হ'য়রিবদু তাবা ফংদবগী মওং মালহল্লি।

ছেন্দ্রাংনা অমুক হায়জরক্লে।

মতম অদুদা লম-চৌদোংনা মালা চংনা চংনা হায়রকই, “নঙ ৱা ঙাংলিবোই নিংই। ৱা হায়রিংবা লৈরবদি ঐগী নাক্তা নক্লা চংশিল্লকউ। য়াম্না হন্দুরবনিনা না অসি ইপং পংশন্লে।”

চৌদোংগী ৱা তাবদা মখোয় অনি পাক চেক চংশিনখবদি কীনরে। মখোয়গী মতোংদু উবদা লম-চৌদোংনা হায়রকই, “নখোয় করিমত্তা চিংনগনু। ঐদি অহল ওইরে, ইমং ইরুংনা লাম্বা ফংনবনি অদুনা জীব হাংপগী থবক থাদোক্লবনি। মতম পুম্নমক্তা ইশ্বরগী নাম শোন্দুনা পুন্সি লেল্লিবনি। শাস্ত্রনা হায়রি, জীব হাংপমুক চাউবা পাপ লৈতে। ধর্মগী মথিংনা কনাগুম্বনা অজ হায়বদি হামেং বলি তৌই, মখোয়না অজ শব্দগী অশেংবা অর্থ খঙদে, অদুনা অদুম্না তৌরিবনি। অজ শব্দগী

অশেংবা অর্থদি চহি তরেং শিত্না থল্লবা ফৌ হায়রবনি। অদু বলি হায়বগী অর্থদি ফৌদগী চেং ওলফনবা শায়বনি। অদুগা চেং অদুনা লুক হোৌরগা ঈশ্বরদা কৎকদবনি। মামেং বলি কৎকদবা নাত্ত। জীব হাংলবদি কলিযুগ মওংনম্ভু স্বর্গ কাননবা উপায় অমা লৈত্রে। মশোৱ থত্তু শোয়দনা নরক্তা লৈরগদবনি। ফাহ্রে, ঐগী মতম অমুক লৈশল্লক্রে। হৌজিমক ঐ অমুকস্থান তোক্লখিগনি। অদুনা নখোয়না হায়মিংবা ৱা লৈরবদি ইনাক্তা চংশিল্লরুগা হায়ররো. ৰরিমত্তা কৌগন্নু।"

অস্তুম্না কয়া হায়রনা হৌরোং না মখোয়গী চি নবা কোকহল্লে।

ছেল্ড্রাং অমম্ভুং থেব লমহৌদোংগী মখাদ নক্তা চংশিল্লক্লুনা ফল্লরে।

অদুগী মতুংদা মখোয় অনিনা হৌদোং লম্বোইবগী মফমদা মাগী মাগী মপুক্লিংগী ৱা মথং মথং হায়জরক্লে।

মখোয়না ৱা ডাংবা লোইত্রিত্তৈদা হৌদোং লম্বোইবনা মখোয় অনিগী মথক্তা চেংশিনখ্রে। মতুগা লোইননা ছেল্ড্রাং ফরং পাইখোকখ্রে।

অদুনু থেবদি চেনবা নংহৌখ্রে। মথাক্তি লম-হৌদোংগী মপুংতগী নাম্থোকপা ঙমখিদ্রে।

অদুনা অঙাংশা, মীগী মাংনবা হোৎনরবদি মশাদা তেকশিন-হজিনি অদুগা অদুম্বনা মাই পাকই হায়বসি থক কাউগন্নু।

## কাহেন্না পাম্বগী মহৈ

থাইনা মমাংদৈদা ব্রাহ্মণ মচা মরিথক মীরৈবাক্তা লন তানবা চংলম্মী। লম্বীদা সাধু অমা মখোয়গা থেংনৈ। সাধুবু খুরুম্লগা মখোয়গী মপুক্কিংগী ব্রা তম্মী।

মতম অহুদা সাধু অহনা মাগী ঝুলিদগী জাতিমায় মরিথক লৌখোক্লগা মখোয়দা পীরে, অতুগা হায়রকই, "থাউমৈ মরি



অসি নখুংতা পায়হনা হিমালয় তয়া চুমত্রিংদা চংলু। জাতিমায় অহ নখুংতগী নাম্ভোক্লুনা তাখিবা মকম অহুদা লন ফংগনি।

সাধুগী রা মতুং ইন্না মরুপ মরি অহু মখুংতা জাতিমায় অমমম পায়হুনা অরাং পাংনা চৎলক্লে।

অম্মুম্না ফনা শাংনা চৎলবা তুংদা ব্রাহ্মণ মচা অমগী মখুংতা পায়রিবা জাতিমায় খঙহৌদনা নাম্থোক্তুনা তাখ্রে।

মতম অহুদা মখোয় মরি মকম অহু শোথোক্লে। মহুদা কোম্বিগী খনি অমা থেংনরে। মখুংতগী জাতিমায় তাখিবা ব্রাহ্মণ মচা অহুনা হায়রকই, "এখোয় ইরৈবাক্তা হল্লসি। মসিনা এখোয় পুম্নমক্কী ফিভম ফগংহনবা য়ারগনি।"

মরুপ অহুম অহুনা হায়রকই, "কোম্বি অসিথক্তুনা করি বায়গদগে? এখোয় থরগা চৎতুনা লাইবক্তা করি তম্বগে য়েংলুথিগে।"

অহানবা মরুপতু কোম্বি পুতুনা মরৈবাক্তা হনগ্রে।

অহুদু অতৈ মরুপ অহুম অহুদি মখুংতা জাতিমায় অমমম পায়তুনা মাদ চংশিনগ্রে। পোথাবা লৈতুনা চৎলি। খঙহৌদনা অনিশুবা মরুপকী মখুংতগী জাতিমায় তাখ্রে। মকম অহুদা লৈবাক তোথোকপদা লুপাগী খনি ফংলে।

অনিশুবা মরুপ লুপা ফংবদা পেল্লে। মহাক লুপা পুতুনা ময়ুমদা হনগ্রে।

অহুবু অহুমশুবা অমম্মুং মরিশুবা মরুপ মকম অহু থাদোক্তুনা মাংদা চংশিনখ্রে।

হুমিং কয়ানি চৎলবা তুংদা অহুমগুবা মরুপকী মথুংতগী জাতিমায় তাথ্রে।

মকম অহ্ তৌথোকপদা সনাগী খনি থেংনরে। মহু কংবদা অহুমগুবা মরুপ য়াম্না হরাওয়ে।

মহাক্না মরিগুবা মরুপকী মকমদা হায়রকই, "হল্লসি মরুপ, অমুক চংশিল্লুবগী কাম্নবা লৈতে। সিদা লৈরিবা সনা ময়াম অসি পুহ্না এখোয় য়ুমদা হনগ্রসি।"

অহুবু মরিগুবা মরুপনা য়ানিংদ্রে। মহুদগী হেন্না মমল য়াম্বা পোৎ মহাক্না পাম্মী, হীরা, মণি, মুক্তা।

মাগী পেনবা নাইদবা কা-হেন্না পাম্বা মওং অহু উবদা অহুমগুবা মরুপনা হায়রকই, "কা-হেন্না পাম্বদি গুপফং ফংদ্রে। মহুনা অয়াম্বা মতমদা মহৈ ওয়না ফংবা য়াই। হায়নব লৈ, কা-হেন্না পাম্বদি পাপ্নি, পাপ্না মাওইববু লৈখা ত হল্লি। চৎলসি, সনাসি পুহ্না ইরৈবাক্তা হনগ্রসি।"

অহুবু মহাক্না হায়রিবসি মরিগুবা মরুপনা মনাদা হাপখিদ্রে। মহাক মাংদা লৈরিবা চীং তম্না চৎথ্রে।

মরিগুবা মরুপ চীংথক্তা কাখৎলক্লে। চীংথক য়োরবদা মহাক্না উয়ে, মমাংদা মুপা অমা লেপত্তুনা লৈ। মাগী মকোক্তা চাকাগুম্বা অমা অয়েপ্পা লৈতনা উরু-রু উংহুনা লৈরি।

মনাক্তা চংশিল্লগা মরিশুবা মুপাত্নুনা হংলকই, “কন্নিনো তোরিংসিবো মহাশয়, অসুম্না দশা ক্তায়ম্লিবসিবু ম তৌ কমদোননো ?”

মহাক্লা ৱা শুংবা লোইদ্রিরৈদা চাকা অত্থু মুপা অত্থুগী মকোক্তুগী নাস্থোক্তুনা পাইবক্লগা মাগী মকোক্তা উংলম্নে। মহাক্লা খংপ্রেক খংনা লাউত্থুন হায়মকই, “কন্নিনো সিবো ! মসি ঐগী কোক্তা উংলম্নিবা কম্নিগীনো ? ওঃ, ওস্থোক্লা মৈশা কনখ্রেদা ? লে বা ক্ষাওবা ম্নাদ্রে।”



নোকখেং তোত্থুনা মুপা অত্থুনা হায়মকই, “মরুপ, চেন্না পাম্মনবা অত্থু নত্তুনা মাইকৈ সোমদা ল.ক.পরমন্দ্রবদি খুদোং-থীবসি নংলোইদবনি। ঐস্থু অপাম লাংদা থুত্থুনা জাতিমায

পান্নহুনা মকম অসিদা লাকখিবনি। অহুপা মত্তম অস্নুক কুইবসি ভমথীরবা অরাবা অসি নংলম্লিবনি! অতোপ্পা মীহো চাউবা মী অমা লাক্ত্রিবমখৈ নহাক খন্নুরা অহুম মকমসিদা লেপতুনা লৈখিগদবনি।"

কপ্লহুনা মরিগুবা মরুপ্পা হায়রকই, "মকম অসিদা ঐ ইতোমদা কমদৌনা লৈগদগে, অহুগা কম্নি চাহুনা হিংগদগে?"

মূপাহুনা হায়রকই, "মরুপ, মসি মণিকত্র যক্ষগী মায়াগী লম্নি। মকম অসিদদি অরাম-খৌরাংবা লৈতে। লৈন্নিবদি গুপ্নগী মৈশাগা নীংগুবদবগনি।"

অসি হায়রম্লগা মূপা অহু মকম অহুদগী চংখ্রে।

ভায়েদনা অঙাংশা, কা-হেম্না পান্বগী মহৈ মরিগুবা মরুপ্না করি কংখিবগে হায়রবা। অহুনা কা-হেম্না পাম্বা হায়বসি খক তোরোইদবনি।



# ফত্ত-লৌশিংগী নমথাক



ভূগুকচ্ছগী পাক-চাত্তনা শন্দোক্লিবা উমংদা য়াম্না কন-থৌরবা শা-নিংথৌ মদোংকট কৌবা নোংশানা নিংথৌ ওইহনা পাল্লম্মী। কাক অমা লমহুই অমা অমত্তুং কৈশাল অমা মথোয় অসি মাগী লোয়নবা অচানবা মনাইশিংনি।

নোংমা উট অমা লাক্লগা শা-নিংথৌ মদোংকটকী মকমদা চংজকম নিরৈ। নোংশানা হরাও হরাও উট অহুবু চংজফম শীথিখি।

নোংমা কৰম ভৌই থওত্রা, ইথও থওথৌদনা অচৌবা শামু

অমনা উমং অহু নৈথৈক্লরে। মহু উবদা নোংশানা শামু অহুগা অকনবা লাংস্থেংনৈ। মমথংদা শামু অহুনা মদোংকটপু মনা-তোলনা কোংতুনা খুহ্‌প তরা লাপ্পা লংথোকখ্রে। নোংশাগী ম্বেং থংবা ফৈরুদা শামুগী ময়ানা থিন্দুনা শোক্লে। শামু অহু চংখ্রবা তুংদা মদোংকট তপ্পা হৌগংলগা য়াম্না ৱান্না মাগী স্বরুং তম্না চংখ্রে।

সুমিং মঙ্গা-তরুক্কি পোথারবা মতু'দা মদোংকট নাবদি করে হায়রবু অচোবা শা শিকার তৌবদি ঙমদ্রে।

অস্মুম্না নোংশানা মশা শোক্কুখিবা মরম্না কৈশাল অমস্নং লমহুই মপুক থন্না চাবা ফংদ্রে। নোংমা নোংমগী মরুপ অহুম অহু চিঙ্গাক ৱাংপদগী মপাঙ্গল ময়েং তারক্লে।

শজিক চাবা উট্টকীদি থোইদোকপা করিস্ম অমাংবা লৈতে। মহাক্তি মপুক থন্না থন্না শজিক চাবা মরম্না মশা অহু য়াম্না নোইথোক্লে। অস্মুম্না সুমিং কয়ানি হৌখ্রে।

নোংমা উটনা শজিক চাবা চংখ্রিদৈঙদা কৈশাল, লমহুই অমস্নং ক্লাক্লা মখোয়গী অৱাবা অহু কোকহন্নবা ৱা তানরকই।

কৈশালনা মমিং উইশিন্দুনা হায়রকই, "মখোয়না ফনা হায়হুনস্ম ঐনা খল্লিবদি উট অহুগী শাহুম চারবদি ঐখোয় পূম্নমক থরায় হিংগমি।"

লমহুইনা ৱাখল তৌনা হায়রকই, "পুক্লিংদা ঐস্ম মহুম্না খল্লম্লিবনি। অহুবু ঐখোয়গী নিংথৌমক্লা মাবু চিংজকম

পীবিখিবনি, ফিভম অসিনা মাগী মাংমনবা শিনবা কমাগী মতিক লৈগদগে ?"

কাক্লা হায়রকই, "চংজকম অহু-অদা তোকও কান্নদে, পল্লক্লনু। হান্না নখোয় নশা হিংমনবা হোৎনখো। নিংথৌদা নখোয়না শেংনা হায়জররবদি করিমত্তা অকায়বা লৈরোই।"

অস্তুম্না বা কয়া তানয়বা মতুংদা মখোয় অহুম নোংশাগী মনাক্তা লাক্লে। মতম অহুদা নোংশা স্কুংগী ফক্লাংদা তারহুনা মমিং উইশিন্দুনা ফয়ম্মী। মদোৎকট মপাঙ্গল যাম্না শোল্লে।

মখোয় অহুম অহুনা স্কুং চংলকপগা খঙহৌদনা কপ্পং-লডিনরকপা তাবদা মহারাজ মদোৎকট ইঙক ওকখ্রে। মহাক্লা মখোয়গী মতৌ অহু মুম্না য়েংলকই। অহুগী মতুংদা মহাক্লা খোঞ্জেল মি-মি লাউনা হংলকই, "করি তৌরবগেনে নখোয়বু, অহুক কপ-লাউরিবা করিগীনো ?"

মখোও খুমাং অনিনা মপী তৈথোক্লগ' লমহুইনা হায়রকই, "মরম লৈতনা হেক্তা কপকদ্রনে মহারাজ ! ইনিংথোগী ফিভম অসি উবদা ননাই ঐখোয় থম্মোয় পুবা ওমদ্রে।"

মুংশা মপী শাংনা হোল্লগা মোংশ.না হায়রকই, "কন্নমদি তৌগদগেদো মরুপ ? পুম্নমকসি ইরাইবক্তা তম্নম্বমনি। অহু নত্রবদর অস্তুম্না করম্না ওইগদগে ?"

ভাইহাক থঙানৱগা লমহুইনা হায়ৱকই, "ঐখোয়গী মৱক্তা মক্লপ উটতংদদি মশা-মউ কনা লৈরি। অশঙ অশঙবা হানৌ চাহুৰা মাৱি অকীবা কংনা নোইখোক্লে।"

লমহুইগী ৱা তাবদা নোংশা মপুক্লিং হাইকেং লাংতক্লবগুম তৌরকই।

অহুগী মতুংদা মহাক্না মপুক্লিং কাজিন্দুনা হায়ৱকই, "মখোয়না হায়রিবহু অচুম্বনি। ম'দি ঐখোয়গুম্না শাহিং চাবা শা নত্তে, মৱম অহুনা ম্যাগীদি থক্লুনিংঙাই করি লৈগদগে?"

নোংশাগী মপুক্লিংগী ইহুন থঙলহনা লমহুইনা হায়ৱকই, "মহারাজ, অসুম্না অসুম লৈরবদি কনাস্থ হিংলরোই। মৱম অসিনা ঐখোয়না মাক্নৱ অমা হঙ্গংচনিংবনু. কীবনা ঙমজত্রে। করিগুম্না ইনিংথোগী ইঙ্গিত কংলবদি হঙ্গংচগে।"

নোংশানা হায়ৱম্মই, "নহাক্না হায়নিংলিবা ৱাহু চিংনবা লৈতনা হায়যু।"

অহুবু লমহুইনা মপুক্লিংগী ৱা পাক হেক হায়দোকপা ঙমত্রে। মহাক্না ৱাম্না কীনা হায়ৱকই, "ঐনা করি হঙ্গংচগনি, মক ওইনা উট অসিগী শাহুম চারবদি ঐখোয় পুম্নমক থৱায় হিংগনি। অহুগী মতুংদদি করি তৌবা য়াবগে য়েংবা হায়বহুনি।"

ঙাইহাক লৈরগা নোংশামা হায়রকই, "অদুবু মহাক্কুদি ঐবু থাজহুনা চংজক্ষ লৌরি। ক্ষিভম অসিদা ঐনা মাগী মাংনবা কৰিষত্তা তৌবা ঙম্মোই। থবায় মাংলগা মাংলে কমদৌনি।"

লৌশিং লৈবা লমছুইনা হায়রকই, "ইনিংথৌনা করিগী মঙোন্দ থুং থাখিক্লগদগে? ঐখোয়না অসিগুম্বা লৌশিং অমা তৌজগনি মহুদি, মহাক মশানা য়াম্না মথবায় থাজনবা। অদুগা ইনিংথৌগীম্তু থবায় কনবা য়াগনি।"

মথিং উইশিন্দুবা মদোংকটনা হায়রকই, "ঐখোয়না মসুম্না তৌবমা কনি থনবহু তৌ, অদুবু মহুদা ঐবুদদি চিংশিনগন্নু।"

য়াথং কংলহুনা মখোয় অহুম মক্ষম অহু থাদোক্কুনা চংখ্রে।

অহুগী মচুংদা মখোয় অহুম চুইনা বা তাম্নরুরগা মুংথিলদা সুকুং ময়াদা অমুক লাক্লে।

মতম অহুদা উট অহু নোমহৌ নোমহৌ লাকপা উরে। মকুপ অহুম অহু মিংকা মিংকা ইঙ্গিত তৌনহুনা বা ঙাংনবা লোইখ্রে।

উট অহু মখোয়গী মনাক্তা চংলক্লুনা লেপ্লরে।

মহাকপু উবমক্তদা ক্বাক্কা হায়রকই, "মকুপ, ঐখোয়গী নিংথৌগী ওইরিবা ক্ষিভম অসি নহাকন্তু উরমগনি। হৌগংহুনা চংপদি লাম্নমহুনা ঙাইহাক্কং খ্বামী-বাতাই শাবা কাওবা ঙমখ্রে।"

মথরায় মুংঙাইতনা উটনা হায়রকই, "পুম্নমক উরিবনি মরুপ, অহৌবু করি উপায় লৈরিবগে?"

মতম অহুদা কাক্লা নোংশাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই, "নিংথৌ অমদি ধর্ম্মগীদমক দরকার লৈরবদি থরায় ফাওবা কথোক্কদবনি হায়নৈ। মহারাজ, ঐবু চাবিহুনা ইনিংথৌগী থরায় কনবিয়ু।"

নোকক্কেং ভৌরহুনা নোংশানা হায়রকই, "নঙবু চারগা করি কাম্নগদগে? নঙবু চাবদি সমুদ্রদা লৈতুম অমা থাদবগুম্পনি।"

হান্না লৌতুনখিবগী মভুংইম্না কৈশাল অমম্তং লমহুইনা মদোংকটতা মখোয়গী শাহুম চাহুনা থরায় হিংননবা হোংনবিয়ু হায়জরক্লে।

মতম অসিদা নোংশামা হায়রকই, "নরোয়স্তু ঐগুম্না শাহিং চাই, অহুনা নখোয় ঐগী জাতিনি। জাতি মশেলগী শাহুম চাহুনা হিংবা ঐ পামদে।"

পুকচেল চম্নবা উট অহুনা মতম অহুদা মাবু চংজকম পীবিরিবা মদোংকটকী মথরায় কন্নিংলক্লে।

মরম অসিনা মহাক্না নোংশাদা হায়রকই, "মহারাজ, ঐগী খুদোংচাদবা মতমদা ইনিংথৌনা ঐবু চংজকম পীবিখি। ইবুংঙোগী

অৱাবা তাৱবা মতম অসিদা ঐগী শাহুম চাবিহনা থৱায় কন্নবা হোংনবিয়ু।"

কৈশাল অমস্তুং লমহুইনা পান্নিবস্তু অসিমক্তি।

উটকী বা লোইৱম লোইফাত্রিদৈদা নোংশা, কৈশাল অমস্তুং লমহুই মখোয় অহুম মাগী মথক্তা চোংশিনখ্রে।

মতৌ অম্মুয়া মখোয়না কভু-লৌশিংগী মতেংনা উট অহু হাংতুনা চাখি।

মহোশানা লৌনম চাউৱবা কভুবা মীশকশিংবু থাজক্লবদগী উট অহু অম্মুয়া অৱেম্বদা মতন চাদবা মথন্নায় মাংখি।

ভাৱেন্দনা অভাংশা, মীবু থাজগনবগী মহৈ কৱি ফংখিবগে হায়বা। অহুনা থাজগনবা হায়বা অসি খুদোংথীনিংঙাইনি হায়বা মতম চুপ্পনা নিংশিংগদবনি।

---



# অপঙবা পণ্ডিত

থাইরবা মমাংঙৈদা কান্যাকুব্জদগী শাস্ত্রজ্ঞান ফংহুনা ব্রাহ্মণ পাথং মরি মরৈবাক্তা হল্লকই।

মখোয়না খোঙশাল্লমদায়দা গুরুনা আশীর্ব্বাদ তৌরহুনা মখোয়দা তাকপিরকই, "ইচাশা, নখোয়না মতম শাংনা ঐগী আশ্রমদা লৈহুনা শিক্ষা মপুং ফানা তামশিল্লে, পুন্সিগী থবক-থৌরম থুদিংমক্তা মহু শিজিন্নবা হোৎনৌ। অহু ওইরবদি নখোয়গী পুন্সি মহৈ য়ানগনি।"

মওং অমদা গুরুগী য়াথং অসি মখোয়না ঙাকই হায়রবা য়াই। অহুবু শাস্ত্রগী য়াবু অর্থ শেয়ায়মনা লৌহুনা অহুগা মতাং চাদনা শিজিন্নহুনা মখোয় মীয়েম তাখি।

গুরুগী আশ্রমদগী অস্থুম লাকপদা লম্বীদা ললোনবা কাংবু অমনা মী অশিবা পুহুনা মখোয়বু হেনগৎহুনা চৎপ্রে। অহুগা থরা চৎলগা অশিবা পুবা কাংবু অহু অতোপ্পা লম্বী অমগী মতুং ইন্না চৎখি।

ললোনবা মীবু ময়াম্না মহাজন হায়নন্ন খঙনৈ।

মখোয়বু উবদা ব্রাহ্মণ প্পাখং অমনা হায়ৱকই, "শাস্ত্রনা হায়ৱি, 'মহাজনো যেন গতঃ সঃ পন্থা'। হায়বদি 'মহাজনশিংনা চংলিবা লম্বী অহুমক অচুম্বা লম্বীনি'। অহুনা ঐখোয় মখোয়না চংখ্রিবা লম্বী অসিগী মতুং ইন্না চংসি।"

মহাক্না হায়ৱিবসি মখোয় পুম্নমক্না য়ানৱহুনা মী অশিবা পুখিবা লম্বী অহুগী মতুং ইন্না লাক্লুনা মোংকমদা থুংলরে।

মতম অহুদা মখোয়গী মাংদা গাধা অমথক শক্লিক চাহুনা লৈরম্মী। মহু উবমক্তদা অতোপ্পা পাখং অমনা হায়ৱকই, "শাস্ত্রদা য়াউরি,—

'উৎসবে ব্যসনে চৈব, দুর্ভিক্ষে রাষ্ট্র বিপ্লবে।

রাজদ্বারে শ্মশানে চ যস্তিষ্ঠতি স বান্ধবঃ।'

হায়বদি নুংঙাইবা মতমদা, চাক্তাংবদা, লৈবাক্তা ইরাং হৌবদা, বিচার তৌকমদা অহুগা মোংকমদা লোয়নহুনা লৈৱিবা মহাক অহুমক মরুপ্নি। মরম অহুনা গাধা অসি ঐখোয়গী মরুপ্নি।"

মখোয় মৱিনা চংশিল্লগা গাধা অহু কোম্দুনা শিং শিং নান্দুনা লুনা তৌরকই।

মতম অসিদা কদায়দগীনো খঙহৌদম্না উট অমা চেল্লরুগা মখোয়গী মনাক্তা লেপ্লরে।

মন্থু উবদা ব্রাহ্মণ পাখং অমনা হায়রকই, ধর্ম্মস্য ত্বরিতা গতিঃ হায়বদি ধর্ম্মগী খোঙচৎ য়াংই। অদুনা উট অসি শোয়দনা ধর্ম্ম ওইরমগনি।"



অসি তাবদা অতোপ্পা পাখং অমনা মহাকপ্তু শাস্ত্র খঙই হায়বা উংশিংলক্লে। অদুনা মহাক্না হায়রকই, "শাস্ত্রদা হায়রি—ইষ্টং ধর্ম্মেন যোজয়েৎ। হায়বদি নিংজরিবসু ধর্ম্মগা ভীনশিন-গদবনি। মরম অদুনা ঐখোয়না নিংজরিবা হায়বদি মরুপ অসিগা লোয়ননা ধর্ম্মগী মশক ওইরবা উটি অসিগা পুনশিল্লসি।"

হায়রিবা বাকম অসি য়ানবহুনা ব্রাহ্মণ পাখং মরি অহুনা গ:খা অহুগা উটকা লোয়নন। চেৎনা পুনশিল্লে।

মহুদা গাখা অহু কীবোই করিবোই হৌনা খোংলকই।

মকম অহুনগী খোইনা লাপ্তনা গাখা অহুগী মপু কি শুহুনা লৈ। গাখানা খোঞ্জেল কায়না খোংলকপা অহু তাহুনা মহাক্না মমায় লৈখোক্লুনা য়েংলকপদা পাখং খরনা তৌরিবা খোদো অহু উরে। মহাক্না লমকেনবা পাখংশিং অহু ফুগে খন্দুনা চৈ পায়হুনা চেল্লক্লে।

মহু উবদা ব্রাহ্মণ পাখং মরি অহু মাইকৈ খণ্ডনা চেনখ্রে।

মতৌ অন্নম্না মখোয় মরি চেল্লক্লুনা তুরেল তোর্বান য়ৌরক্লে।

তুরেল লৈরায়দা পুন্দুনা ফিনাও অমা ঈশিংদা তাউহুনা লৈরম্বা মখোয়না থেংনরে। পাখংশিং অহু মহুদা তোংহুনা তুরেল লাল্লক্লে। তুরেল ময়াই য়ৌশিল্লকপমক্তদা উনা অপাকপা অমা ঈচেলদা তাউথরকপা মখোয়না উরে।

উনা অহু উবমক্তদা পাখং অমনা হায়রকই, "শাস্ত্রদা হায়রি, আগমিষ্যতি যৎ পত্রং তদস্মাংস্তারয়িষ্যতি— হায়বদি তাউথরকপা উনা অহুমক্না ঐখোয়বু লাংনবিগনি।"

অসি হায়রগা পাখং অহু ঈশিংদা ফম চোংথক্রে। মহাক ঈরোইবা হৈত্তে। মরম অহুনা মহাক ঈরাক্লরক্লে।

মহু উবদা পাখ শিং অহু পাখংপনা লোইরে। মরমদি মখোয় কমাস্থ ঈরোইবা হৈতে। হৌজিক উপায় করি লৈ?

খণ্ডহৌদনা পাখং অমনা শাস্ত্রগী য়া অমা খঙনিং নিংশিং-লক্লুনা হায়রকই, "সর্ব্বনাশে সমুৎপন্নে অর্দ্ধং ত্যজতি পণ্ডিতঃ। হায়বদি পূম্নমক মাংজবা তারবদা পণ্ডিতনা তঙ্খায় অমা থাদোকই।"

হিনাও অহুদা থাংপাক অমা তাহ্নুনা লৈরবা পাখং অহুনা খুদক্তা উরক্লে। মহাক্না থাংপাক অহু পায়খংলগা লুপকেং লুপকেং তাউরিবা মকুপ অহু তম্না হাইথরক্লে। মহুগা লোয়ননা মকুপ অহুগী মগুক ককপ্রে।

অহুগা মকুপকী অককপা মকোক অহু য়াম্না চেকশিন্না ফিনা য়োমশিল্লগা মখোয়গী মনাক্তা থম্লে।

অস্থুম্না মখোয় অহুম ভুরেল লাল্লক্লে। খল্লা চংলগা মখোয়গা লাম্মী খরগা থেংনৈ।

ব্রাহ্মণ পাখং অহুম অহুম্মী ময়োম অমদগী ঈ তপ তপ তাবা লাম্মী লুচিংবনা উপ্রে। অহুনা মহাক্না চিংনহুনা মখোয়গী ফি ময়োম অহু কাক্তোক্লুনা য়েংলুবদা মী মকোক অমা য়াউরম্বা থেংনরে। অহুনা মহাক্না ব্রাহ্মণ পাখং অহুম অহু কাহ্নুনা বিচারপতিগী মনাক্তা পুপ্রে।

বিচারপতিনা হংবদা ব্রাহ্মণ পাখং অহুম অহুনা হৌখিবা বারী পূম্নমক তম্লে।

মখোয়গী ৱা মুন্না তারগা বিচারপতিনা হায়রকই, "নখোয় শাস্ত্র কনা মৈহুনস্থ জ্ঞান য়াউদ্রে। জ্ঞান য়াউদবা অপঙবা হায়বসিদি খোঙথাং খুদিং খুদোংথীনিংঙাই ওই। অপঙবা পণ্ডিত, নখোয় অহুম নখোয়না তৌখিবা কঙবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না নপুন্সি চুপ্পা কৈতমশঙদা লৈবা তায়ে।"

তারেদনা অঙাংশা, লাইব্রিক কনা তমহুনস্থ জ্ঞান য়াউদ্রবা পঙলবদি পুন্সিদা খুদোংথীবা কয়া নংনিংঙাই মশক ওই হায়বা। অহনা নখোয় লাইব্রিক তম্বগা লোয়ননা লৌশিংগী পুক্কে তানশিনগদবনি।

~~~~~~~~


~~~~~~~~

# মরুপ মরি

মতম অমদা পাক-চাউরবা উমং অমদা কাক অমা, উচি অমা থেঙ্কু অমা অহুগা শজি অমা মখোয় মরুপ মরি অসি য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী। মখোয় য়াম্না চাম্মে, নুংশিনৈ।



নোংমা কমদোই থঙত্রা,— শজি অহু শজিক চাবা চংপদা শাদানবগী লাংদা থুম্রে। মখোয়গী নিয়ম লৈ মহুদি, মকম অমদবু লৈরবন্থ নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মখোয়গী লৈকমদা মখোয় পুল্লপ পুনগদবনি। অহুগী মতুংদা ঙাইহাক পোথারগা অমুক

মচিঞ্জাক থিবা চংনগদবনি। অদুগা মখোয় সন্ধ্যাদা মকোলদা অমুক পুল্লগদবনি।

অদুবু মুমিং অদুদি নিয়ম অদু কায়রে। লাংদা থুদুনা লৈথিবনা শজি মুমিং য়ুংবদা মকোলদা কল্লক্রে। মরম অসিনা কাক, থেঙ্গু অমম্মুং উচি মখোয় অহুম্না মথরায় রানা মাবু ঙাইরকই।

অদুবু মুংথিল কনা থেংজিল্লক্লবা ফাওবা শজিগী মশক উবা ফংদ্রে। মখোয় অহুম্না কনা কুইনা রা তানরবা মতুংদা অম্মুম্না লেপ্লরে মদুদি, কাক্না চংতুনা মরুপকী পাউ লৌরুবা হায়না।

মহুম্না তৌরে। কাক মথাদা য়েংনা য়েংনা পাইরক্লে। পাইনা পাইনা মহাক্না খঙহৌদনা উরে, শজি শাদানবগী লাংদা থুদুনা নাম্থোক্লনবা কন্না চোং-কন্দুনা হোংনরি। অদুবু মহাক লাং অদুদগী নাম্থোকপা ঙপঙম ঙমদ্রে।

মদু উবদা কাক মমিংতগী মপী শিন্থরক্লে। মহাক্না শজিগী মনাক্তা পাইশিল্লক্লগা হায়রকই, "কমদৌনা লাংদা থুক্লরিবনো মরুপ?"

শজিনা হায়রকই, "শজিক হানৌ চানা চানা অম্মুম লাপপদা খঙহৌদনা লাংদা থুক্লরিবনি।"

কাক্না হায়রকই, "অদুবু খরা য়েংনা!, জ্ঞান তানা চংপা য়াদ্রা?"

শজিনা হায়রকই, "মসি ঐগী ইরাইবকনি। ইশাদা বারৌজরুবগীসু কান্নবা লৈতে। করে, নহাক্তি মফম অ'সদা কৈদোবা লাক্লিবনো?"

কাক্না হায়রকই, "নহাক হল্লকুবা অসিদা ঐ নহাকপু থিবা লাক্লিবনি।"

শজিনা হায়রকই, "নহাক্না উন্নবসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইবে মরুপ। লাংদা অন্দুক মওং চাদনা থুরিবা অসিদগী ঐহাক নাম্থোকপা ওইথোক্লে। শাদানবনা ঐবু হৌজিকমক হাংলরগনি। শিরমদায় মতম অসিদা মরুপকী শক উজবা ফংজবসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইরে।"

কাক্না হায়রকই, "অহুগুম্না য় তু অমুক হন্না হায়গনু মরুপ। কীরুনিংঙাই লৈতে, ঐ হৌজিকমক চংতুনা মরুপ উচি লোরুগনি। অহুগা মহাকপু লাং অসি চিকথংহন্দুনা নহাকপু থাদোকহনগনি"

অহুবু নিংবা কায়না শজিনা হায়রকই, "অরেম্নদা ঐবু থাদোক্লুবা মরুপ নখোয়না বানা হোংনরুহুনা কবিবু কান্নগদগে মরুপ? মহুনা মমৈদা নখোয়হুম খুদোংথীবা নংলবা য়াই। মহুগী শরুকপুদি নহাক হকপ্রো, অহুগা মরুপ উচি অমদি থেঙ্গুদা ঐনা নুংশিজবা উংলকই হায়না তম্বিয়ু।"

মতম অসিদা উচি মফম অহুদা থুংলরে। মহাক্লা শজিগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই, "মরুপ নহাকপু থিবা চংখিবা কাক

হল্লকমন্নরহুনা ঐ নখোয়বু থিবা লাক্লিবনি। ঐ য়ৌরক্লবনিনা ররুরগম্নু, ঐনা নহাকপু হৌজিকমক থাদোক্লগনি।"



অসি হায়রগা উচিনা লাং অহু চিকথংতুনা শজিবু থাদোক্লে।

মতম অসিদা থেঙ্গু উমংদগী থোরক্লে। মহাক্না হায়রকই, "নখোয় হল্লকমন্নবসিদা ঐস্সু লৈবা ঙমক্রহুনা লাক্লিবনি। হুংঙাইরে, মরুপ লাংদগী নাম্থোকপা অসিমক ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।"

মাগী ৱা ভাবদা শজিনা হায়ৱকই, "লাদা থুম্বিউদা নখোয়দবু খল্লম্মী মরুপ। অদুবু নহাক্তা মতৌ অম্নম্মা লাকপসি চুমদে। কৱিগুম্বা হৌজিক শাদানবা থুংলৱবদ কমদৌদগে? নহাক্তি ঐখোয়গুম্বা য়াংবা চেনবন্ধু ঙম্লোই।"

তুং-মাং হন্না হন্না য়েংলগা উচনা হায়ৱকই, "থিন্থৱম্মু, হৌজিকমক চংলসি। মরুপ কাক, মথক্তা পাইখৎলগা শাদানবা লাকপৱা অমুক্তা য়েংউ।"

কাক ৱাংনা পাইখৎলগা উজাও অমগী মতোলগী উশা অমদা তোংখ্রে। মহাক্তা মাইকৈ মরি লৈদনা য়েংলগা হায়ৱকই, "মথৱায় হিংনবা চেনখ্রো, শাদানবা লাক্লে।"

মতম অদুমক্তা মুপা অমা মাইকৈ অদোমদা চেল্লক্লে। মাবু উবমক্লেনা শজি অমুকপা উমংদা চেনশিনখ্রে, অদুগা উচিন্সু লৈখুল অমদা চংশিন্দুনা লোৎখ্রে; অদুবু থেঙ্গুদি মখোয়গুম্না চেনবা ঙমদ্রে।

শাদানবনা লাকপদা উরে, শজি লাং থদৎতুনা চৎখ্রে, অদুগা মদুগী মছুক্তা অচৌবা থেঙ্গু অমা লৈরম্লে। মদু উবদা মহাক্তা মপুক্লিংদা খল্লকই, চেগ্রসম্মু, শজিগী মছুক্তা থেঙ্গু অমদি কালেদনা। মসি য়োন্দুনা লোংমা নিনিদি লেনবা য়ারগনি। অসি খন্দুনা শাদানবনা থেঙ্গুদু পুদুনা চৎখ্রে।

উথক্তা তোংদ্রনা কাক্লা পুম্নমক্লু য়েংলি। মরুপকী খুদোংগীবহ্ উবদা করি করম তৌরগা মাবু কনবা য়াগদগে হায়বা মহাক্লা খল্লকই।

মতম অসিদা শক্তিগা উচিগা মফম অহুদা থুংলরে। মখোয় অছুম্না থেঙ্গুবু কম্ননবা ব্রা তানরকই।

ঙাইহাক ব্রা তানরবা মতু দা কাক্লা হায়রকই, "লৈরে, ঐ মখোয়দা লৌশিং অমা তাক্লে। মহৃম্না তৌসি। অহু ওইরবদি ঐখোয়গী মরূপ থেঙ্গুবু লায়না কনবা ঙমগনি।"

অসি হায়রগা কনানা করি তৌগদগে হায়বা মহাক্লা মখোয় অনিদা মুম্না তাক্লে।

অহুগী মতুংদা কাক্লা এতিয়াদা ব্রাংনা পাইখংলগা শাদানবা অহ্ মাইকৈ কদেমদা চংখিবগে হায়বা য়েংলকই। শাদানবা অহ্ খোইনা লাগ্না চংখিদ্রি, ঈশিং মপান্দা চংলিবহ্ মহাক্লা উব্রে।

মরূপশিংদা থুনা চংখংলু হায়রগা কাক শাদানবনা চংখিবা মাইকৈ অদোমদা পাইরক্লে। অহুগী মতুংদা মহাক শাদানবা অহ্ হেন্দোক্লগা ঈশিং ময়াদা হৌবা উজাও অমগী উপাদা তোংলরে।

মরূপকী ব্রা মতুং ইম্না শঙ্গি অমসুং উচি মফম অহুদা থুংলরে। অহুগা হানা হায়নখিবগী মতুং ইম্না শঙ্গি মচুক

ক'থোক্লুনা অশিংগুম ডুহুনা লৈখ্রে। অদুগা উচি নাৱক্তা চংশিন্দুনা লোংখ্রে। মানা হায়খিবা মতুং ইন্না থবক পাংথোকপা উরহুনা কাক পাইথরক্লগা শজিগী মকোক্তা তোংলরে। অদুগা মহাক্না শজিগী মমিংতা মচিন্না হেক হেক থেংলি। মহুবু শজিগী মমিং কোংথোক্কদবগী হোংনবা ওইনা উরি।



ঙাইহাক লৈরগা শাদানবা মফম অদুদা থু'লরে।

"অঙকপনি, শজিহু চেনবা ঙমদ্রমাল্লে। সিদা লাক্লগা শিহুনা লৈরখোইরে। কয়াদা মুংঙাইরবা, অমুক্তদা শিকার অনি ফংলেদনা।" অসি হায়রগা শাদানবনা থেঙ্গু লৈবাক্তা থমলগা শজিহু লৌবা চংখ্রে।

খুদক অদুমক্তদা উচিনা চেনশিল্লক্লগা থেঙ্গুবু পুল্লিবহু চিকথংখ্রে, "চেনখ্রো মরুপ, ঙশিং অসিদা চোংথখ্রো।" অসি

হায়রল্লগা উচি নারক্তা চেনশিনখ্রে অদুগা, থেঙ্গুম্ম ঈশিংদা কুমথখ্রে।

শাদোনবগী মখুৎভগী মরুপ থেঙ্গু মাঙ্গোকখিবা উরদুনা ক্বাক অদু কাক-কাক খোংদুনা পাইখ্রে। মদুগা লোয়মনা শজি অদুম্ম ফুক হোগৎলগা অশুকপা উমংদা হৌদুনা চেমশিনখ্রে।

শজিদু মতৌ অম্মুম্না চেনখিবা উবদা শাদানবা চঙক্লখ্রে।

অদুগী মতুংদা শাদানবনা কল্লকপদা থেঙ্গুম্ম লৈরমখ্রে। নিংবা কায়দুনা মখোয়বু 'পেন্না চৈবমখৈ চৈরগা শাদানবা মকম অদু থাদোক্লুনা চংখ্রে।

শাদানবা চংখ্রবা মতুংদা মরুপ মরি অদু মফম অদুদা পুল্লরে। মখোয় মপুক্লিং মুংঙাইবগী ওমখৈ অমুক লৈখিখ্রে।

উচিনা নোকমি নোকমি হায়রকই, "অপঙবা শাদানবদা নিংখিজবা পান্না অমা তম্মিখ্রে, করি হায়বগে ?"

শজিনা হায়রকই, "মদুদবু অমুক হায়মিংঙাই লৈরিব্রা ?" ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা মহাক্লা কাক য়েংদুনা হায়রকই, "অদুবু মরুপ, মহাক্কী লোশিংগী পাঙ্গলতনা পুম্নমক অসি ওইরিবনি। নহাকপু হন্না হন্না থাগচ্চরি মরুপ।"

কাক্লা হায়রকই, "ঐ ইতোমত্তবু থাগংকদবা নত্তে মরুং থাগৎসি ঐখোয়গী অশেংবা মরুপ ওইবা লিংজেল মান্নবা অসিবু অদুগী মতুংদা মখোয় য়াম্না নুংঙাইনা লৈখি।

খঙলেদনা অঙাংশা, চান্নবা মরুপকী পাঙ্গল শমস্নুং লিংজেন মান্নবগী শক্তি কয়াগী মতিক কনবগে হায়বা। অদুনা নখোয় অমগা অমগা নুংশিনগদবনি অদুগা লিংজেন মান্নগদবনি।

---



# অঙকপা মগুংগী অতিথি সেবা

কৈৈবাক অমদা মণ্ডুক কৌবা শাদানবা অমা লৈরম্মী। মহাক তমথীবা অহুগা শাউগনবদা নত্তে, মশাদগী ওইজবা খিবনা কনাগম্ভ তীম্নবা য়াদে। মশাগী মত্তমা কনাগী না অমত্তা মহাক্তা খল্লুবা লৈতে।

মোংমা মণ্ডুক শাদানবা চৎলম্মী।

মতম অহু রাকচিংগী থামৈনি। মণ্ডুক্তা সুমিৎ চুপ্পা উমং-য়াম্‌দা কোইচং চৎপদা খুন্নু অমা নত্তমা অতোপ্পা করিগুম্বা শিকার অমত্তা সুমিৎ অহুদদি ফংখিদ্রে। সুমিৎ ভাশিল্লকপা উবদা মহাক উশা-য়াশা নমথেক্তুনা থুনা য়াংনা চৎলি। মমন্ত্রিইভদা মহাক করিগুম্বা মওং অমদা অঙকপা উমং অহু লাম্হোক্তবা য়াদে।

অহুনু মহাক উমংহু লাম্হোকপা ঙমদ্রে। খঙহৌদনা অকনবা নোং-মুংশিং হৌরক্লে। মহাক্তী মর্ক-মরোল নোংনা পুমচোং চোংলে। উমং অহু থামম্বা অহিংগুম ইমম মম্মী। অহুগী মথক্তা নোং-মুংশিং লেপ্তুনা তৌবা অহুনা মহাক অমুক মখোঙ থাংহুনা চৎপা ঙমদ্রে। উপায় লৈরহুনা শাদানবা মণ্ডুক উঙ্গ.ও অমগী মখোঙদা নোং থুপহুনা লৈখ্রে।

অসুক খুদোংথীরবা মতম অসিদসু মথুংতা পায়রিব: উচেক অহু মহাক্না থক থাদোক্কে।

নোং হাংলে। অহুবু মুংশিংতি লেপত্রি। বাকচিং থানি, অহুগীসু মথক্তা নোং-মুংশিং তৌবনে মগুক ঈংমনবনা মখোঙ-মথুং চিংশিল্লক্কে। মপী ঈরা চেন্না মহাক্না হায়ত্ররকই, "হে উমং লাইরেম্বা, ওসি ঐহাক য়ায়া খুদোংথীরে। ঈংবগা লাম্বগনা থরায় পুথা ওয়ক্রে। ঐ নহাক্তী নকমদা চংজরবনি। ঐবু কনবিয়ু প্রভু।"

অসোমদা কয়ম তৌই থগুব্রা,— মগুক্না ফাহনা থম্লিবা খুমু অহুগী মুপী খুমু অমোম অহু উ অহুগী উপা অমদা তোংলি। শাদানবগী বা তাবদা খুমু অমোম অহু মপুক্লিং তয়াং-তশোয়ররক্লে। মহাক্না মুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়ররকই, "হে ঈশ্বর, নোং-মুংশিং অসুক কয়বা খুদোংথীরবা অহিং অসিদা ঐদি ঐগী চায়থোইবা অহু মকম কদায়দা লৈরমগদগে থগুজদে। চানবী হৈবা ইবুংঙো নহাক্না মহাকপু কনবিয়ু।"

শাদানবগী মথুংতা বন্দী ওইহনা লৈরিবা খুমু লাবা অহু মাগী মুপীনা ঈশ্বরগী মকমদা থোনিজরিবা অহু তারে। মহাক্না মগুক থাজংলগা হায়ররকই, "কয়িসু বাক্লমু চায়থোইবী, ঐ মকম অসিদা লৈ। ওসি নগুগী ননাক্তা খুদোংচাত্রবা অতিথি

অমা ঈংবনা অহুগা লাম্বা খাংঙমদনা লৈরি। মথরায় পাম্মুবা লৈতনা যাগী লেবা ভৌ।

মপুন্নোইবগী খোঞ্জেল তাবদা খুন্নু অমোম অহু চন্নাওজবগী ওমথৈ লৈখিন্রে। অহুবু মপুন্নোইবা শাদানবগী মথুংতা বন্দী ওইহনা লৈন্নিবহ্ উরে।

মতম অহুদা খুন্নু অমোম য়েংলহনা খুন্নু লাবনা হায়ন্নকই, "মৌজিক নং বা মচেং অমত্তা ডাংগনু, অতিথিগী মথরায় কন্ননবা হান্না হোংনখো, অহুগা ঈশ্বরনা তম্বা অমা লাকনি। য়ুম্বানবগী ধর্ম্ম ঙাক্লনবগী অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি অমুক মাঙ্হোকহল্লোইদবনি।"

মপুন্নোইবগী বা অসি তান্নবদা খুন্নু অমোম অহুনা উক্রোং মমুংদগী অকংবা উচেং থন্না পুন্নক্লগা মৈ হোন্নরে। অহুগা মহাক্লা অতিথিদা হায়ন্নকই, "মহাশয়, মৈ য়াইহনা হকচাং হান্না শাগংহনবিখো অহুগা চান-থক্লবা শিঙগে।"

পুন্নমক অসি উবদা মগুক চঙক্লগ্রে। অম্ময়া খুদোংথীন্নবা ভাঞ্জা অসিদম্মু করিম্মু লৈতবা উচেক মচাশিংসিনা মতৌ করয়া মথৌ পাংথোক্লিবা! ওইনিংবা ওইজসনু, মৈ য়াইহনা খোঙ-থুং শাগংহন্নে।

মতম অসিদা খুমন্ অমোম্ অহনা হায়রকই, “মহাশয়, ঐদি য়াম্না পুক্নিং উচেক্লি। করম তৌরগা মহাশয়গী মরাম-খৌরাংবা কোকহনবা য়াগদগে? অহনা ঐগী হকচাং, অ'স পিজহনা মহাশয়গী সেবা কংজগে হায়না লেপ্লবনি।”



অসি হায়রগা খুমন্ অমোম অহু মৈথুংদা চোংশিনখ্রে।

“এঃ— কৈনো তৌরিবা অহুবো?” মথং থাঙ্গংতুনা মংক্লা থায়কই।

অহুবু থুম্নু অ.মাম অহুদি মহাক্না থাম্বা নংদনা চোংশিনখ্রে। চৈরক অসিদা থুম্নু লাবা অহু লাংদগী নাম্থোকখ্রে। মহাক্না হায়রকই, "মহাশয়, অম্বুক পিকপ্রবা উচেক মচা অসিমখক চাবনদি পুক থল্লরোই। মরম অহুনা ঐস্ন নংাক্তিদমক থরায় কংথোকচরগনি। ঐংথোয় অনিবু চাবিরবদি থরমংখদি লাম্বা কোকত্রা খল্লি।"

অসি হায়রগা মহাকস্ন মৈমুংদা চোংশিন্দুনা মথর য় থাংখ্র। মগুক চওক্লনা য়েংহুনা লৈ, থুম্নু অনি অহু লাইগী শক্লম লৌহুনা স্বর্গদা কাখ্রে।

ওইথোক্লবা থোদোকশিং অহু উবদা মংুক ওকপগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। মহাক্না মপুক্নিংদা অস্নম্না লেপ্লে, মপুন্সিদ মহাক অমুক করিগুম্নদস্ন জীব হাংলরোই।

মতম অহুদগী হৌনা মহাক ওক্লবা লমচং-শাজং পুম্নমক থাদোক্লুনা অফবা লমচং-শাজং চংতুনা সাধু অমা ওইনা মপুন্সি লেনখি।

অঙাংশা, য়েক্লববু ফাওবা মুংশিগদবনি হায়বসি থুম্নু অনি অসিগী লমচং-শাজংতগী থওবা ওয়্নে অহুগা মহুগী শক্তিনা ওক্লবা তমথীবা মীশক ফাওবগী পুকচেল হোংহনবা ওন্মী হায়বস্ন থওলে। অহুনা অঙাংশা, কনাদস্ন য়েক্লবা ব.থল থমদনা জীব পুম্নমকপু চপ মাম্ননা মুংশিবা তমগদবনি।

---

## অপাঙবগী সঙ্গ তৌবগী মহৈ

লৈবাক অমগী নিংথৌ অমনা য়োং অমা য়াম্না লুনা-চান্না য়োক্লম্মী। য়োং অদু মীগুম্না বা ঙাংবমক থোক্রবস্থু হায়রিবথে খঙই,. অদুগা মপু য়াম্না নিংই। মপুনা থৌদাবা থবক্তা মহাক্না ইন্দবা লৈতে। অদুনা নিংথৌনা মাবু মচাগুম লুনা তৌবি, মাবু মতম খুদিংমক্তা মনাক্তদা থম্মী।

নোংমা করম তৌই খঙত্রা,— নিংথৌদু নুংখিলদা সনাগী কাংথোল মথক্তা তুম্লম্মী। অদুগা য়োং অদুনা নিংথৌদা চামর থেংগল তৌরম্মী।

মতম অদুদা কদায়দগীনো হয়িং অমা পাইশিল্লক্লগা নিংথৌগী চিনবান্দা তোংলরে। চামর ছুমদুনা য়োংনা মাবু তাস্থোকখি।

ঙাইহাক লৈরগা হয়িংদু অমুক পাইশিল্লক্লগা নিংথৌগী নাতোলদা তোংলৈ। হন্দকস্থু য়োংনা মাবু তাস্থোকই।

অদুবু হয়িংদু য়াম্না লমহেল্লি, ঈকাইবা খঙদে। তাস্থাকপগা হয়িংদু অমুক হেক্তা পাইরক্লুনা নিংথৌদা তোংলৈ।

অস্তুম্না হয়িংদু হন্না হন্না তানবদগী মমৈথংদদি য়োংদু মৈ হৌনা শাউরকই।

অহুগী মতুংদা অমুক হয়িংহু নিংথৌগী হকচাংদা তোংলে। হন্দক্তি য়োংমা মাবু অমুক তাম্থোকখ্রে।

য়োং অহু নাশোল পিক্লা থৌগংতুনা চংখ্রে। ডাইহাক লৈরগা মহাক অচৌবা থাংশাং অমা পুহুনা লাকই।

মতম অহুদা য়োংনা হয়িং অহু কদায়দা লৈবগে কোইয়েং য়েংলকই। হয়িংহু নিংথৌগী ডকী তিংখলগী অতোংবা অহুদা তুম্মিন্না তোংহুনা লৈরম্বা মহাক্লা উরম্মী।

মপুনা তুম্বদা অয়েংপা পীরিবা হয়িং অহু তম্না অশাউবগা লোয়ননা য়োনা থাংশাং শাফু কম্না হাইখরকই। অহুবু হয়িংদি পাইথোকখ্রে।

নিংথৌগী ডক কেন্দুনা মোন্দগী ওন্থখি।

খডলেদনা অডাংশা, অপডবগা সঙ্গ ওইবগী মহৈ করি কংবগে হায়বা। অহুনা মতম খুদিংমক্তা অপডবগা থক তীম্ন-তোংনরোখদবনি।

লোইরবা






## চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন্দা মনা ফংগ্রবশিং

### রঘুমণি

১। অষ্টাংগী পঞ্চ-তন্ত্র
২। লৈবাক্কী গাড়ী
৩। ভাগবতকী ৱারী
৪। পঞ্চ-তন্ত্রগী ৱারী খরা
৫। লমজিংবা
৬। কান্নবা ৱারী খরা (অহানবা শরুক)
৭। কান্নবা ৱারী খরা (অনিশুবা শরুক)
৮। উপনিষদকী ৱারী
৯। মরুপ কায়নবা
১০। কেশকী ফল
১১। মচিল-মোপরা
১২। তুলসী

### ইবোতোম্বী

১। ইমাগী ইবুংঙো
২। মকু ইবুংঙো

### নদ্দো

১। বিজ্ঞানগী থবাক
২। লমজিং বিজ্ঞান

### দেবলা দেবী

১। খঙবদা কান্নবা

ফংফম :— দেবল বুক স্টোর, মসজিদ রোড, ইম্ফাল